# মণ্ডগী ঈশৈ

( সাহিত্য একাদমী, ১৯৮৬ ইংগী এৱার্ড ফংলবা )

খুমন্তেম প্রকাশ

# মঙগী ঈশৈ

( সাহিত্য একাদমী, ১৯৮৬ ইংগী এৱার্ড ফংলবা )

খুমন্থেম প্রকাশ

কোঙজবী ঃ--বীমলা দেবী, খুমন্থেম ওংবী

১। অহানবা খুৎনম ঃ—ডিসেম্বর, ১৯৮৪ ইং

২। অনিশুবা খুৎনম ঃ—মে, ১৯৮৭ ইং

ফংফম ঃ—(১) ডি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, বি, টি, রোদ ইম্ফাল

(২) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাওনা বাজার ইম্ফাল।




কোপী মশীং ঃ—,১০০

মমল ঃ লুপা ২০ (মখুম অথাবা)

লুপা ১৫ (মখুম অপাবা)

MANG-GI-ESEI (Sahitya Akademi Award 1986)
A collection of twelve Manipuri short stories
of Khumanthem Prakash
Published by Smt. Kh Bimala Devi
1st Edition -1984
1st Reprint— 1987
Price Rs. 20/- (Board covering)
Rs 15/-(Ordinary)

নম্ফম—ভাগ্যবতী কার্য্যালয়
চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স,
ইম্ফাল।

কথোকচবা

ঐবু য়োকপদা রাজশ্রবী
পলেম ইমাগী থূয়াদা।

—প্রকাশ

## ৱাহৈ অনিদং

মতম কুইনগী মমাংদগী মচোই-মচোই তাহনা লৈরুরবা ৱারী মচা খরসি ময়ামগী মফমদা লাইরিক অমা ওইনা খোমজিল্লহনা পাবা য়াবা য়াওব্রা য়েংবীনবা কোংদোকচরি।

—অইবা

ইম্ফাল
তাং ৩০।১২।৮৪ ইং

## য়াওরিবা ৱারীশিং :—

তোম্বী, কৈদোরবগে অমুক, নোং হেক ঙানবগা কপ্পবনে লাউনবনে ৱা ৱা করিনো ইমুং অসিবু।"

হো ঙারেন চাগে হায়য়ে, মীগী মচানা ঙারেন চাবহ উরুরগা ঐখোয়গীস্থ ঙারেন পীয়ু হায়রিয়ে নচাশিংশে। কপ্পবা তানিংদ্রগা থেমলোরাউ।"

শৌশৌ লাউনা খুম্মকই চাওবা কেরাণীগী মুপীনা।

"করিনোনে নঙস্থ য়াওনা অঙাং শারকইবসিবু, মীনা তারগা করিনি হায়গদগে, ইকাইবা ককাসি করি অমতা খঙত্রবরা নঙবু।"

"ঐঙোন্দা ওনশিন্ বীরকহুদা, মহোয় মপানা মীগীদোনা নোংম-কাদোকস্থ ··· ··· " হায়রগা মখা তাখিদে।

মাগী মুপীনা শাউবগী মরম চাওবা কেরাণীনা মুম্না খঙহি। মাগা হেক য়ুমথংনরিবা কেশোস্থ কেরাণীনি মখোয় অনিমক হেড-ক্লার্ক ঙাক্লি তোঙান তোঙানবা আফিশগী। থাগী তলবতী চাওবনা

থবক খরা হান্না তৌজরকপগী হৌনবা খরহূম হেন্না ফংলিবনি অহূবু কেশোগীদি ফজবা কোবী, অচৌবা ঙা তোয়না মাগী মাঙোলদা কারকই। অসুন্না অথেনপোৎ কারকপগী রা অসি কেশোগী মুপীনা চাউবগী মুপীদা সমর্থন হাপকৎতুনা হেক হেক তম্মী। মসিদা চাওবগী মুপী তোম্বীনা "খঙদেনে ঐখোয়গীদি মহোয় মপানা মরোয় মকা অমা ফাওবা মীনা কৎলবা লোৌরোই, অমাংবা থবক তৌবা হৌনদে হায়হুনা লৈখরবসিদা ইবেম্মা।" হায়হুনা কেশোগী মুপীগী নাপলহু য়েথেরকই। কেশোগী ইমুংদি অমাংবা থবকনা মপুক থন্দুনা লৈরবগী মওংদা মচেক্না য়ৈ।

তোম্বীনা কেশোগী মুপীগী নাপল য়ৈথেকই হায়না খঙবতনি, কেশোগী মুপীনদি মখোয়বুহূম 'অপঙবা মতমগী ঈরাং খঙদবা' হায়না মপুক্লিংদা নোকই। অহুনা মশানা ঙা অচৌবা অমা পৈশা পুথোক্কুনা লৈরুবা ফাওবা মীনা কৎলবনি হায়হুনা তোম্বীদা রান্নী শাবা খক তোক্তে। মাগী রান্নী তারগা তোম্বীগী পুক্লিংদা মুংঙাইতবা ফাওবহু উরগা কেশোগী মুপীনা নোংমগী থবক পাঙভি।

হেক য়ুমথংনবা ইমুংনি। মপাম্বোংদদি রান্না চান্ননা উই। চান্ন-[illegible] ফমহু থোকপনি। অহুবু কেশোগী মুপীগী নাপল তোম্বীনা হেক হেক য়ৈথেকপগী রাঙাং, অহুগা কেশোগী মুপীনা চাওবগী মুপীবু কল্লক-হনবগী রান্নী মুমিৎ খুদিংগী চৎথরকপা অসিনা মুপী অনি অসি অমনা অমগী অচেংবা ঙাইনবগী তাঙ্গা তাল্লুমহুনা লৈনরে। অহুগা মপান-থোংদদি করিম্নু কায়নদে।

হায়ৱিবা ফিভম অসিদা চাওবগী মচাশিংনা চরাৱানবদা ঙারেন চাগে হায়হনা কপ্পসি অঙাং মমা তোম্বীদদি অশোকপদা থুম চাইশিন-বগুম্বী। ঙা-চাক্লা হোঙলিঙৈদদি চাওবগী তলবনা নিংথমথাদা ঙারেন চাবা থোইনা লুবা ৱাকম নত্তে। অদুবু হৌজিক ঙা অত্তেকপা কিলোদা লুপা ১৪-১৫ য়েৌখ্রবা অসিদদি চাওবা হেদ-ক্লার্কী তলবনা ঙারেন চাবগী ৱাসি অরুবা সমস্যা অমা ওইনা থোকলে।

অমরোমদা কেশো হেদ-ক্লার্কীদি মাগী মাঙ্গোলদা অথেনপোৎ চাউনা চাউনা কারকপা লেপতে। অদুনা তলবতি চাওবদগী কেশোনা তারবসু ঙারেনদি কেশোগী ইমুংনা মচারে।

হৌজিকী মতম অসিদা অচুম্বা তৌবা মপুক শেংবা কনা অমতা লৈতে হায়বসি চাওবসু খঙদবা নত্তে খঙাঙবনি। মতু খঙডি হায়-তুনসু মমুমদা অথেনপোৎ কারক্লবা লম্বীদুাদ হেক ফংবা নত্তে। মাসগী লম্বী অসিসু ইরাই লায়বা নৎলমত্রে হায়বাস চাওবা হেদ-ক্লার্ক খঙলক্লে।

ইফোং কোংনা অখঙ অহৈশংদা কোাহুং হংবা য়াবা লম্বীসু নত্ত, হন্দক মরকসি চাওবা মপুক্লিং লৈতাদে। অদুবু তাঞ্জা লাক্লবদি থাদোক্লরোই হায়বসিমদি চাওবনা মপুক্লিংদা চপ যুংখ্রে। অসুম্না চাওবনা তাঞ্জা লাকপা ঙাইহনা লৈরিঙৈদা নিংবু নিংলবদি থোক্লবা অমা লাকই হায়গুম্লদনা নোংমদি অয়ুক পুং ৮ লোম তারকপা অদুৱাইদা মুপা অমনা চাউরবা শৱেং অমা পুরহনা চাওবগী দারীদা লেপ্লরে।

"হেদ-ক্লার্ক সাহেবকী শঙ্গাইবু অসি ওইরব্রা ?"

"মান্নী, শোমদা লেংশিনবিয়ু"

হায়ত্তুনা মোরা অমা তম্থা থাই।

"নহাল হেদ-ক্লার্ক সাহেবনা শোনবীরম্বা অত্তুদা পুজরকপনি কৈথেলদগীকা নৎচদে পাৎতগীনি ফারকপদা ডায়রিবনি"

হায়ত্তুনা থগাইমুক শাংলবা শরেং অত্তু মাঙ্গোলদা হেক থম্মী

"মাই পাবুং মনিংলোমদা হুকচাং শেংদোকপা চৎখ্রি থোরক্লনি"

হায়রম্লগা তোম্বীনা শরেং অত্তু নংহৌরোইদৌবগুম পাক লাক্কুনা ইমুংদা পুশিনখি।

চাওবা হেদ-ক্লার্কনা থোরক্কুনা তরাম তরাম কৌই—

"কারি থবক্কী ওইরবনো ?"

"হেদ-ক্লার্ক সাহেবপু উনজনিংত্তুনা সুম শাকচবনি সাহেব হুকচাং শেংদোকখ্রি হায়য়ে অসুম ডাইজগে য়ানি'

ইক আক তৌত্তুনা খুশ্মী মুপা অত্তুনা।

"হেদ ক্লার্কতি ঐহাক্কি, হায়নিংবা হেক্তা হায়বীয়ু হঙ্গোইবীগনু"

হায়ত্তুনা মুপা অত্তু কোইখিদনবা চাওবনা য়াম্না চান্নবগী মওংদা হায়। মুপা অত্তু ইঙক ঙক্লত্তুনা

"হেদ ক্লার্ক কেশো - সাহেবকী ইমুং ... ... বু ... ..

"ও ! ও ! ইনাও কেশোবুরা, মানী মানী মাস্থ হেদ ক্লার্কনি,

মাগী য়ুমদি ঐগা হেক থংনরিবা অরাংগী য়ুম অসিনি সোমদগী কাওজিনবীগ্রবস্থ য়াগনি।"

মুপা অহু ফুক হৌগৎলি চপ লেপতুনা ইমুংলোমদা য়েংতুনা লৈ।

"কেশো লৈরমখিগনি মা অয়ুক পঙনা চখোক্কন্দবনি, লেংবিয়ু" হায়রতুনা চাওবন। লম্বী তাকই। মুপা অসি য়াম্না হৈনিংদনা কেশোগী য়ুমদা চংখি।

ঙাইহাক লৈরগা কেশো কেরাণীগী মুপী প্রপ প্রপ লাকই শুমাং মতোন্দগী

"ইচে ইচে" হায়তুনা কৌরকই। চাওবগী মুপী তোম্বীনা য়াম্না চীংলেম্না

"কদৌরগে অতুক কিংলিবদি!"

"আ—মুম তৌবনিমা—ইচেখোয়গীদি মরোই মকা অমা কাওবা মীনা কৎলবা ওইরবদি মাংই হায়তুনা লোশিন্দে হায়বতুদা ঙাতু হুন্দোকপনা হানগ্রগদ্রা হায়তুনা ... ... ... ...।"

"কৈদৌবগী ঙা হুন্দোক্কদৌরিবা ঐদি।"

"ইসে রা কোইথোক্কুনা কায়দে, ঙসাই মীনা ঙা অমা য়ুম ওরতুনা ইচেখোয়দা থমজিল্লম্মে হায়রে ইচেখোয় অতুম চাগে

হায়রবস্থ চাবীয়্, চাবীরোইদবা ৈ েরবদি পুজখিগে হায়তুনা তৌবনিদা।"

"কম্বি রানোনে ইবেম্মা, ঐখোয়গীদি মীনা রানোম খোং-নোম্বগী পোং লৌশিঞ্জদে, অতুগা মীগীবু ঐখোয়না লৌশিল-লমগনি হায়তুনা সাকলিবনি হায়বসিবু মীনা তাবা য়াবা রায়নে।"

"হৈমা কৌজিক্কা শরেং অমা পুরক্কুনা থনম্মী ইচেনা ইমুংদা পুশিনখি হায়রিবসিবু মগুলনে? মীতুস্থ ইচাউ চাউনা ঐখোয় মাঙ্গোলদা কমছৌরি।"

"ইবেম্মখোয়গী মাঙ্গোলদা রানোম খোংনোম তৌনরগা ঐখোয়-োমদা বদনাম তৌশিনবিগে হায়রিবরনে?"

"হৈমা রা ঙাংথোরকপদদি তুলসি মনামুক শেংঙি অতুগা তৌবদি য়ায়া ঙম্বীরিপোং ওইরে।"

"করিনোহৈ নঙগুম্বীনস্থ তৌঙম্বীকা হায়য়ে নখজাইতুদা খুবাক্না থাওরা, রানোম পোং থরা চাতুনা নোয়রগা কিগদবোই নিংব্রা মচোং-মপাক নায়দনরদা।"

"থাউ থাউ নঙনা ঙম্নবদি থাউ, মীগী ঙা লোৎশিনবী নঙনস্থ অচূম্বা শারদনা"

হায়রম্নগা চোংশিন্দুনা মশম তাপ তাপ পায়নতুনা শুমাং অদুদা হেক্কা থরো থরো ওন্না নম্নরে।

রানোম শরেং

ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা ইথা থাজদনা মুপী অনি অম্ভুনা হেক্তা লাম্বা তৌনরকপা অম্ভুদদি শৈকায়ত্তু গুরুং হোৎচিন্দুনা খামদোক্লরে। খৎনবা য়াবা মফম নত্তে হায়স্তুনা থেমজিন্নখি।

অম্ভবু শরেংগী রা অসিদি কনানা চুম্মীবনো হায়বত্তু হৌজিক ফাওবা নৈনরি। মানা মানা অওম্বা লৈথেৎ হাপ্লতুনা রানোম শরেং অসিগী রারী তৌনরি।

ইং ১৯৬৮

---

# ব্রাকং

মখোয়গী ইমুং অসিদা হেক লাকপদগী ঐ অসে মথোঙ মরম অমত্তা খঙলকত্রবনি, রাবতনা ইপুম থিংলবনি। লাইমস্থ তৌবিমল খঙদবা ইমুং হায়দো হেক থোকইদা। ঐনা লাকপা মতমদা মখোইগী য়ুম অসে মশক মচু থোক্লহ্‌পোৎ নত্তে। তুকান্দা ময়ামগী মরক্তা নুংঙাইনা থিন্দুনা নৈজরম্বদগী মখোই শুমাং হেক য়ৌরকপগা ঙাইবু ঙাইঙমদেনে;মখোয়ইনা তৌথিবদো, ইমাইপেম্মা, ইপুক অসি মথক মখা থোক ওনবমথৈ নৈত্না ইশাগী যাওজরকপা মথৈ শিৎ শিংনা তেংত্না মখোইগী ময়ুমসি লংনবা হোৎনখ্রিবনি। করে কৈদৌরুগবনো ঈরোই-ইরাং তাক্লবনিনা কাচিন অমদা নমশিনবিরবস্থ ফনচুম করবনি চীক্লা ঈংনা পোত্থাজরগে থল্লুবনি। অসুম্না খঙ্কবফাও লোইদ্রিঙৈদা "হা সনাইবেম্মা অঙাং উনরে" হায়তুনা রা রা কোয়রাং হেক লাংঙি। নত্তে, মখোয়না হরাউনরিবদো শাউরুবগী রা নত্তেয়ে অমাং অশোয় কত্ত হাউদি শেংদোক্লমদাইদা হেক মথিবিরকপা। করে মতুস্থ ইরাইবক্লীনি অমাং অশোয়ত্ত শোইনা পেকশিন্দুনা আ থাপ্না হৈদোকলুরে। মসিদা ঐনা ঙক্লিবদি ঐবু করিগী তাথিবীকম থোকপগে

—হায়বদি অমাং অশোযত্থ ঐ নত্তনা কনা অমত্তনা চোংথোকপি-রকত্রহুনা ঐনা হোন্দোকপিগ্রে অহ্‌গা মখোইনা শীজিন্নবা লোইন্নবা মতমদনা ঐবুদি অমাংবনিস্থ হাযবীবে ইমুংদস্থ লৈহনবীগ্রে আ য়েন্নখা মচি অমদা কিৎ নমশিনবীরে। করে তৌববুদি লাইরবগী কম্মেন্দা কম্ববুদি ইনাকখুনবগী য়েনখাদা কুনবনা হেল্লে মীনা ইকাইখুন্নবীবা পামলুবগী ম্লা নত্তেয়ে কাইদাবু হাযজবনি। মখোই মমল লৈবা মখৈ বুনা মাংলবস্থ তুলসি মনানা ঈশিং খীক্তোক্লগা শেংঙে হেক মহায়বা, ঐখোইবুনা মমল লায়বনি হায়হুনা ইম্মোকপা। নত্তে মমল লৈবা মখৈ অশেংবনি, মমল লায়বা মখৈনা অমাংবনি অসিরনে মখোইনা খঙবা শারিববো? হা হাগো নোকনুম নোকচনিংঙি শীজিন্ননিংবা শীজিন্নবা যাবিবা ঐখোয়না মমল হোঙবা অহুগা থবক অনত্তস্থ চন্নত্রবা স্বপ্নগী লৈতেং শাহুনা খিল্লিবশিং অসিনা মমল যামহল্লিবা, কনানোনে মমল লেপ্পিবিবা ইবুংঙোসিবো? পৃথিবীদা হৌজিক অঙকপা কংনা হোংলক্লবা আসদা ইবুংঙোসিগী খল মওল অসিবু ইহোংমক মহোংলরোইত্রনে? ঐখোয়গুম্বী চীন পান্দ্রবী মযাম অসিগী থন্নুংদা ওমনিবা পেন্দবগী মৈচাক অসিনা মপান থোরকপা ডাইরিবা জাংলা? করিগুম্বা মৈরি অসিনা মকা কোংনা চাকথৎলক্লবদি পুমতুম তুমগ্র-গনি হায়বসি খণ্ডলবস্থ খণ্ডলরোইসিরনে? হোয়দা ঐনা তুক্‌ সুংঙাইতবগী পংখন খঙকবা হায়বহুনি কৈকান্নরুগবনো ইথোহুম শিংনবনি। লাকএ লাকএ অন্নাংদগী ডৌদাই চমফুৎ অসে, কেজবগা

ৱাউজবগা ৱাউজবনা হেল্লহনা, মুংশিদেদা লাইমন্থ, মীগী মন্না লৈরিবী মুপী অসিদা হেঙো-হেঙো হেক তৌরদনা, কৈদৌজবা শাবিবনো য়েংজনিংদবনা মিৎ অসে নাবে হন্দক মরকসে সনাইবেম্মসি মিৎয়েং নায়েং মতা অমা তৌইকো ঐদি নোকচনিংঙিযে অস্থক চীং-লেম্বা নোংমতম্থ হে হা লাউদবা, অসিমতা পাম্মী হায়কবদা পীবিম্মিবা মবুংঙো অসিদা সেগ-মাইগা হাযগেদি হ'যত্রহনা কদাযদগীনো ঙৌদাই চাফুৎ রাচেৎতা মিহুন্দ হাপ্পা, আ উচেক ঙাক্লবা চন্নানা শাবা মী মানগা অসিদা হাইনোক-ককা তৌরিযে, মখোই ইমুংসে কাংখোং চাইন্নবনি খুবকী ঈনা লাই শাবে।

কনয়ো ঙসিদি নোং-মুংশিৎ তৌগদৌবিমাম্নে যেনখাদগা লৈশিল্লে ঐনা তৌগদবসি কনা লুই মতাং অসিদনি ইনাক খুংবগা সঙ্গ তৌবা রায় হা'বিবসি। ঙাইবংম 'খোইদি মীশক মীমায খঙনা চৎপা জীবনিনা ফৈদো জ্ঞান লাইদো ইনাক খুনবগী ইংখোলদা হৌবা নাপী কাওবা নেৎলু লাকট্নি হাযহনা থৈদো। নোং-মুংশিৎ-খোইসিনদি মহ খঙাববপোৎ নত্তে, ঐবু হোরেল রাখোঙ তান্না হুমদোকপিহনা ৱাবক্কা যৌশিল্লবদি ইশাসি পুমকোপ কোপকনিসে। অসিগুম্বা মতাং অসিদা লাইন্নবগী ইমুংদা থোক্লবদি ঐ মুংঙাইনা চাকখুমদা খিন্দুনা লৈজগদবনিকো! হোয়দা থোকঅবা হায়হনি, ঐনা ঐনা নীংববু হেক হেক মথুংনন্নবদি কৈদগী পানবা য়াগদগে, ঙন্নমক খ্বাইদগী হেন্না মুংঙাইবহ ওইনিংবদগী জগৎ অসিদা কনা অমগুম্থ লৈন্নরোই খ্বাইদগী হেনবা হায়বা অহুমত্তং মন্নৈরগনি। কনানো

অমম্বসিদা মা-মাহূনা লাক্লিবসিনা হুবানবৱা করিনো অস্থুপ ঙন্না ? ঐ লৈরিবসি উরম্মোইসে। ঐঙে ন্দা দোং লাউনা হেক পেংজিন-বদা মা পাখৎপা শোম্বরোই, নমহূনা কাইল্লগে। হৈমা! হুরানবা নত্তেনেসিদে, স্নাইবেম্মগী মকুম্বীনিনে !! ইমাইপেম্মা, ঐঙোন্দা থেংবি-রুকত্রবদি কনিদকো। দং হেক থেংজিল্লক্লুনা গ্রোং-গ্রোং লাউনা তুমিন্নরবদি কানহূনা ৱাথোক ওইনৱনি। ঐদি ও.স্থাক্লা হৈনত্রেদকো তৌরিবসে। মীনা খঙখি উখিনি হায়হূনা অমোৎপা লোৎশিন্নবা হোৎনবদা কুরাংপান্দ ঙায়ববা মথোই॥ সমাজ অসিদা ইমুংসিগী ইবুঙোঙাংস্থু পুমলবনি, মপান্দা মনম মুংশিবা তৈশিন্দুনা পাঞ্জবিবা অসিদবু হৌজিক স্নাইবেম্মগী মকুম্বী কারে হায়হূনা ৱা ৱা লাউরবদি লোইরেদকো। হায়না হায়না য়ৌশিল্লক্লে ইস—কবম্নো! ইমাইপেম্মা! গ্রোং-গ্রাং !!!

"কারনো সনা গ্রোং-গ্রাং তৌখিবহূবো ?"

"আ—য়েনখাদা অমাং-অশো. তৌনবগী লৈবা শুম্ব টিন্ অহাংবহূ হৌদোংনা ইনথুরমাল্লে। চাইথরমদাইদা মাসমতং খোংবান্দা খরা হুন্দোকাপম্মম্মু হাৱজবা কয়া কুইরবনো।"

---

# খুমহৌদ্রবা ব্লাহং

ঐদি চূম্না ইম্ফালদা থোংকপদা খোঙবু ওইমিন্নরুবতনি। মতুংদা হোৎনদুনা লাকমিন্নবা নত্তে, রেলরে ষ্টেসন্দা থেংনবনি। তেল্লবা লম্বী অসিদা পুন্সি অসিমগী কোক্লরোইদবা দাগ থম্লম্লিবা অসিদি ঙক্কবা ঙমদে। করম্বা শেন্নহৌদ্রবা মিৎকুপ্তা হক্লম্বা মমিনো মুখুৎ মুখুৎলগা ময়েক লাবা হেনগৎলক্লিবসিবো ? মহাক্কী লুহোংবা মুমিৎ অসিদা লাপ্পা চেস্থোক্লগা মৈশা ফংলোইদবোই খল্লুদুনা ঙসি মণিপুর থাদোক্নুনা শিলচর তাম্না পাইরক্লিবনি অদুবু কয়াদা পঙথবা। ব্লাখলদি মুংশিত্তুগীসু হেন্না য়াঙডি, থম্মোয় থম্মোয়গী অরাপ অনক্তি লমজৈনা ওনগদবা নত্তে হায়বসিবু ঐ খক থেংনরকত্রিবরা। অসুম্না নিংঙমদ মৈচাক খাঙবা ঙমদদুনা কোয়চেন চেনগদবা নৈরবদি মহাক্কী ব্লাহং ঐনা কব্রিগী খুমহৌদবা। হৌজিক্তি হেনগ্রে মতম অদু হেনগ্রে খুমলুদুনসু কান্নররোই। অদুবু, অদুবু অমুক্কংদি খুমগে ইনিং তন্না থমোয় শেংনা খুমদোকথ্রগা পোৎলুম অসে হুম্বরবন্না য়েংগে—

—"ঙমনি ঐ ঙমগনি"

মথন্তগী খোঞ্জেল অদুদা ঙক্কুনা কোয়য়েং য়েংঙি।

—করিনো 'ঙমগনি' হায়বিরিহুবো কনানা ঙম্মোই হায়বীরক্লবগে তামোবু ? ঐদি ঐখোইবু কাউবিদহুনা লেংঙকপিরিব্রা হায়ববু ইম্ফালদগী মায়থীহুনা চেনবিরক্লিবা জাৎ ওইরে।

মানা চেন্নকপগী মরমহু খঙদ খঙথ্রবোই, নিংলুরমাল্লে নরেন্দ্র মমায় ঙাংশং ঙাংঙি. হায়রকই—

— অঙাওবী ! খংঙুরেদা নং লাক্লগা কৌরকপা য়াত্রা, কয়াম কুইরে ?

—কুইদ্রি চা থক্লসি হায়হুনা থিরকপনি তোর্বান্দা লাই নীংবদৌনা তুমিন্না ফম্বহুদা ঐখোইদি মুনিগী ধ্যান তৌরিমাল্লে হায়হনা ঙাইহাক ঙাইবনে, তপস্যা সিদ্ধ ওহবিরব্রা "ঙমগনি" হায়হুনা অঙাওবদৌনা লাউন্নিবহুবো ?

—ইস। চাউরক্লবা হায়ববু রাহৈ রাতাকাসিদি ঐখোয়না লাম্বা ফংদ্রেনা।

—তামো করিনো "ঙমগনি" হায়রিবহুবো ?

—"কৈস্থ নত্তেদা" হায়হুনা হৌগৎলকই।

—অহুক মুন্না ধ্যান তৌরগা "ঙমগনি" হায়বিরক্লিবহুবু তাকথোকনিংত্রগা তাক্লিংদে হায়বিয়ু করিস্থ হংবিরোইসে ইবুংঙো।

—হেরা শাউবকাস্থ হৈরেনে সরজুসে।

—কৌবিরক্কস্থ।

—"অওইবরো"

হায়তুনা খুবাক্কা থাগে হাইথরকপদা নরেনগী মথুৎতু সরজুগী মথুৎ অনিনা পাক থাজিনখ্রে। নরেন্দ্র স্বাই লাউই। হাকুম মানা থা অমা লৈরম্বতুদা অঙাং ওইনা লৈহৌবা সরজুদো ঙসিদি মপুংমরৈ ফারবী লৈশাবী অমী ওইনা মমাঙদা লেপলে। হায়ফম খঙত্রমাল্লে

—"থাদোক্লো সরো হোরেল সিনেমা য়েংবা পুবিগেসে"

—ফৈ, ফৈ য়েংঙু দৌনিকো"

হায়তুনা থাদোক্লে। নুমিদাংৱাইরমতু সিনেমা য়েংঙু নি হায়তুনা নরেন সরজুগা থোরক্লে। মামক্তি সিনেমা য়েংনিংবা নত্তে. মাগীদি অচীকপা মফমদা মথন্তা ফমতুনা মদোম থম্মোয় চাকচরগা পেঙ্গগে হোংনজবনি। চিলাং-খরাম ওইনা মচান পুথকবতুগী থোরক্লিবনি।

— সরজু ঐদি সিনেমাবুদি নখোঙগী তুরেল মপান্দা ফমতুনা থাবক্সদা তুনশিংনা হি মচা মচাদা ঙা ফাবতুনতুম হেন্না য়েংজনিংঙি।

সরজু খুম্লক্তে।

- ঙসিদ সিনেমা য়েংলম্লসি ঙা অচৌবা অমা লৈরগা হনথ্রসিদো হা, নং য়ানিংদ্রনে ?

— সিনেমা য়েংদ্রবস্থ ঙা-কাদি লৈম্লসি।

—ঙা লৈবদি কৈদৌবগে ?

—হম্নুবা হংবীস্থ নত্তনা, তামোসিমা তনথ্রে।

—ও হো ! সরজু নৈশাবী কাবে হাযবা কাউথোকলুরেদনা, অহুদি চৎলো হরা চারুসি জহাজ ঘাটতা।

বরাক তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্বান্দা মমায অরাং ওন্দুনা মখোয় অনিহু মখোঙ থাংবগুম থাংদবগুম চৎলি।

তামো ওসাই নংনা 'ওমগনি' হায়রবদো কৈনো হায়দোকও।

—নং অমুক হৌরক্লবরো—ঐনা সুম চোইরোল লোনবহুবু।

–তামোগী অর্থনা থনবা চোইরোল অহুবুনি ঐনা য়াম্না খঙনিংলিবা।

—য়েংঙো সরজু থা অসে কয়াদা ফজথ্রবা !

—থাবুদি ঐসু উইয়ে। তামোনা তাকপীব্রবসু থা ফজে হায়বা ঐসু খঙজেয়ে- মীনা হংবদি খুম্মীদ্রগা।

—নং অসিদি নিংঙাই চাউথ্রে, সে-সে হায়রগে।

মহাক্কী কনাদসু লীথোকখিদ্রিবা রারী অহু লীথোক্লগা মপুক্লিং অহু খবা রাই শংলগদবোই নীংলুবমাল্লে, নবেন তোর্বানগী নাপী মথক্তা ফমথখবে, সরজু রানী তাগদবগী মনাক্তা ফমথখরে।

—পূজা ছুটি থোরকপদনে গৌহাটি ষ্টেসন্দনে নোমিতা কৌবী নংগুম্বী মচীন পাল্লা থীবী অমা থেংনহুনা ইম্ফাল ফাওবা লাকমিন্নেয়ে। খঙলবরসে ?

—'ওমগনি' হায়বহুবুনি ঐনা খঙনিংলিবদি।

—হায়রক্কে তাওনে সেকেণ্ড ক্লাস কম্প র্টমেন্ট অত্থুদা ফম্মিন্নত্থনা ডিমাপুর য়ৌন্নকপদো য়ৌখিবা খণ্ডহৌদে।

—নখোয় অনি ব্লারী শাবদা ওইরিনি।

—অচুম্বমক্নি সরো অচুম্বমক্নি। অত্থুদগী অহিং অমা ডিমাপুরদা পল্লে। ঐনদি হোটেলদা পল্লুসি হায়বনি, মানা য়াখিদে। তোববুদি সরো ডিমাপুরদা পনবা য়াবা হোটেল অমা ফাওবা লৈতে, ওম্বোক্লস্থু মোৎলি, মফমদো উরগা নংস্থু খণ্ডগনি। ৱেটিং-রুম অত্থুদা ঐদি ব্লারত্থুনা তুমথোকলুরে। নোংয়াই মতুং অত্থরাইদা নমিতানা হৌদোন্নকখি। মাদি ইরুজথোকলুরমাল্লে মফি-মরোলকা হোংদোক্লত্থুনা য়াম্না ফজনা লৈরম্লে. ঐদি হাইফেৎ ইকাইরুরে।

—মীনা ফজরম্বা অত্থুদা ইকাইবীরুরিবা ?

—হোয় হোয় নংগুম্বীনি ব্লা অমত্তং নাম্বোকখিবদা হেক্তা কমেন্ট পীশিল্লকপা, কোইসন্ তৌশিল্লকপা।

—তামোদি অশেংবত্থু থোক-থোক হায়দোক্তে।

—তাওনে তাওনে অয়ুক্তো বস তোংত্থুনা ইম্ফাল পাংলক্লে, অত্থুদনে সরজু. তশেংনা হায়দোক্লবদি ঐদি ইম্ফাল থুনা য়ৌনিংব্রে।

—করিগী ?

—নমিতাগা কায়নরগনি খনবদা!

সরজু তুমিন্না লৈপ্রে।

—ঐনা খঙবা অহমক থোক্লে, ঐখোয়গী বস অহ ঘাসপানী ম্নৌবদা খামলে, ঐখোয় ঙম্নমক কুমথরে। লম্বীদা নাগা হোষ্টাইলনা নোংমৈ কাপলে হায়হনা মহৈ-মহৈ পাখংনরে। ঙাইন-ঙাইন মুমিৎ লৈথগ্রে। সরজু নংদি খঙলোই ঘাসপানীদা অহিং অহমা পনবা তারে হায়রবদা য্যাত্রিকশিং অহনা ন্নান-খিবদো। ঘাসপানী হায়রিবসে চীংলক্লিনে চীংলক, মকম অহদা হোটেল লৈরমদে চান-থক্রবদি লায়রহনা থুংকম হায়ববু বস মমুং অহতনি। বস মমুং অহদা অহিং-নোংশোয়বা কমহনা লেনবা, অহগী মথক্তা চীংলক অহদা অহিংগী অমম্বদা নোংমৈ কাপ্রক্রবদি নংসু খল্লু সরজু কয়াদা ন্নানখিবা ময়ামদো। অহগা, অহগনে সরো ঐনা কয়াদা মুংঙাইখিবা। অহিংদো। ঐগী পুক্নিদা অহিং অহবু করম্না কাউগনি। য্যাত্রিকশিং অহগী মরক্তা পীক্লিবা অঙাং খরসু য়াওরম্মী। মপুক লাম্নক্রমাল্লে ন্না-ন্না কপ্পরক্লে বিস্কুটনচিংবা অয়াও অয়াওবা অচা-অথক পুথোক্তুনা পীজনবে। অহবু অমম্বা মরক অহদা কুমথহনা ঈশিং খুয়া অমত্তং থিবিকনবা মীদি কনাসু চোংথোকপিরক-খিদে। তাঙ্গা অসিদা নমিতা য়াওরমত্রবদি ঐ থৌনা ফুদোক্লমগত্রা? থাজবা ঙমদে। নমিতানা ঐঙোন্দা করম্না থৌনা হাপথ্রিবা? খঙলে মুপীগীদমক মুপানা তৌখিদবা করি লৈ। অহগুম্বা চীংমুংগী অহিং, নোংমৈ গুলীগীসু মরক্তা

ঐহাক্না ফখিবা থৌনা। উরক্তা চংতুনা অকংবা শীং থেকলুবা, উনা থোমতুনা মৈ হৌগৎলগা বস মনুংদা তোংলিবা যাত্রিকশিং অতুবু কৌথতুনা উখোংদা পোথাইনখিবা, অনকপদা লৈবা চাংয়ুমদগী ঈশিং নিকরগা থৌরাংলবা অভাংশিং অতুবু পীথক্তুনা তুমথুন তালহনখিবা পুন্নমক অদো করিগুম্বা যাত্রকাশিং অতুগী মরক্তা নমিতা য়াওরক্রবদি ঐহাক অতুক ইচং থৌর গদ্রা? ও। সরজু ঐ অরেম্বদা রা থাম্না ভাংথোকলুরে। অতুগা মসিমদি অচুম্বনি সরজু নমিতাগী আশাদা ঐনা ফখিবা থৌনা, ফুদোকখিবা লিংজেল অতুমক ভসি ঐখোয় নহা খুদিংগী থম্মোয়দা চেন্দুনা লৈবাক্কী পোক্ফম লমদমগী কান্নগদবা লম্বীদা চোংশিন্দুনা লিংজেল ফুদোক্করবদি ফংগোইদবা করি লৈ।

—অতুবুদি ঐসু তায়য়ে, প্রেমিক অমনা মহাক্কী প্রেমিকাগীদমক কদায় ফাওবা ত্যাগ তৌবা ঙম্বগে হায়বদো। অতুগা নহান্দসু ইম্ফালগী পাউদা থাবল চোংফমদা য়ৈনতুনা শিনৈ হায়য়ে।

—অচুম্বনি সবো নুপীগীদমক্তদি মপাম্মোম তিংনতুনা শিবা ফাওবা য়ৈনবা ঙম্মী। অঙকপদি হায়রিবা নহা অথৌবশিংদো মরৈবাক্কী ওইবা থৌদোক্তদি পুলিসকী লাথী মমি উবদা চেন্নখিবা ইমিংমক্না উরবনি ইম্ফালদা।

—ভসি তামোনা পাউ-কা অমত্তা পীরক্তুনা পাইবিরক্লিবা অসিবু

পুলিসকী লীচৈ মমি উরহুনা কাছার তান্না চেনবীরক্লিবা জাংলো ?

নরেল মমিং লাওথোক্তুনা সরজুদা য়েংভি, কল তারমদবা অঙ্ক অমা কল খংতা তারকপগুম।

—মহু ওইরবদি তামো চিংনবীকম্, মণিপুরগী ইতিহাস পারুবদা থেংনজ্জৈ ; মৈতৈ নিংথৌ মচাশিংনা য়েক্লবগী মখুত্তা মাংথীরবা মতমদা কাছাব তান্না চেল্লক্লগা নৌহৌনা শক্তি খোমজিন্দুনা মণিপুরবু যেক্লবগী মখুত্তগী হেক হেক কল্লি। তামোস্ মতম থরদং ঐথোয়গী অসিদা আশ্রয় লৌবিরগা অনৌবা শক্তি খোমজিনবীহুনা মণিপুর উদ্ধার তৌবা লেংবীযু।

সরজুনদি ফাগিনি হায়হুনা তৌরম্স্ যাই অহবু নরেনদি চান্ননা ইকাই-মুংশি যান্নখ্রে। সরজুগী মখুং অনি অহু চেজেং পাথশিল্লগা হায়রই—

—সরজু। ঐনা অসি তান্না চেল্লক্লিবসি ইরৈবাকী মরমদা ওইবম্লগদি ঐ কযাদা চাওথোকচনমগবনো। অহবু—

সরজুনা ওক্তুনা শমথরকই।

—অহবু শক্তা-গুণদা চংথোল্লবা নামতা মগুংলাংগীদমক মণিপুর রাংমা লান্না চেল্লক্লিবনি।

নরেননা মুংশাশ্বর অমুক্তং শাংনা হোন্দোক্লগা হায়রকই—

—জগৎকী মপুনি হায়রিবা শ্রীরামস্ সীতা কায়না মৈচাক্তো পুণ্য

মগুগী ঈশৈ

চেল্লবী সরজুদা চোংথহুনা মুৎনখি হায়। ঐহাকসু ইমাগুদা
লৈরিবী সরজুগী — — —
হেক হায়রকপদা সরজুনা ওক্কুনা

—ওস্পীরগদ্রা ?

নংহোৌররোইদবা মতাগুম ওক্কুনা খুল্লকখি নৱেন্না।

— রাহুং অত্নমক্কী পাওখুমনি এৈনা ওসাই খুমখিবদো।

---

# কবোকলৈ

—হৈমা কবোকলৈ, কদায়দনো কা চারখোদনা !

কৌশিল্লি তম্পাকলৈনা।

—ইচে, ঐ সিনেমা য়েংলুগে, মতম থেডগ্রে হৌরম্মনি

নোকখেৎ তৌরম্মী কবোকলৈনা।

—ইচে তম্পাক, হৌজিক চংখিবহুবু লমশাংগী কবোকলৈ নত্ত্রনে ?

—ইবেমশা নংস্তু ঙরাংত হৈ য়োনমিন্নরম্বী কবোকলৈবু খঙত্রবরনে ?

—হেরা ইচে তম্পাক, মানদি লীকও-কোলও ইন্নং লংলদনা শস্ত্রেম্বী শারহুনা থোরকপা অহুদদি কনানা হৈ য়োনবী কবোকলৈনি হায়বা খঙলুরগদগেদো ?

কদায়দগীনো অরূপা খরা শিজিল্লগা মনানা হৈমাং শাম্বি-বনিদা তোম্বী ! কিহোম খরা পুবক্লগা 'হোরেল মুমিদাংগী চেং লৈহোত্রি ইচে তম্পাক ঐবু করম্নোনে তৌগদবসিবো চেংদি কিগোদা লুপা অনি হেল্লে কিলো অহুন্না চন্না-য়েন্দাং চি লাউই, হৈগী শেন্দোংদি লুপা ২/৩ দগী হেন্দে" হায়হুনা

ঐডোন্দা শুক শুক নৈরবত্নদা শেল কোম্না থোক্নবা লম্বীদো ঐনা শিনবখ্রিবনি। অদুগা হেৎজিক নংস্থু উরেদনা ঐনা কৌশিনবা ফাওবা চঙলকত্রিবদো। ইপা ইপুগী ৱাইহে "মী তু-'স হৌগৎলুম্ব" হায়বদো চুমথ্রপোৎনি ইবেম্মথোই।

বেদ্রে-বেদ্রেং ঙাংঙি ক'যোনবী তম্পা'কলৈনা। অচুম্বনি কবোকলৈবু তম্পাকলৈনা নৌ। অমুক হন্না পোকপিখ্রবনি।

হৈ যা'নবা কবোকটো কো'মলা পান্থ'দা কোমলা, কিহোম পান্থ'দা কিহোম বোবা পুখৎলক্লনা খ্বাইবম্বন্দা ফৌবনি। মীওইবগী শাজৎ অ'সিস্থু অওকপনি। হাউগদবা হৈ খন্দুনা লৈবগী মহুৎতা য়োল্লিবী মীগী মাযথোং যে'ঢুনা লৈবস্থু কোঙ্গ'যনি। নৌনা কৈথেল চেংথোবকপী কবোনলৈ চহ ১-২ দি অবাবা খঙনমদে। অদুবু চেংগী মমলনা জিরি হু ইগৎলকপনে, মপুবোইব গা লৌ কুম্বগী মৈচাং পাইনবক্লবা তাঙ্গ'দা নাশিল্লকপনে, কবোকলৈ মকোক্তা মথুং হাপখি। অযুক ঙস্তা চজিক চখোম অমা যোৎলগা অহোঙ-অচাউ কোংচেল চেন্দুনা পোৎ তীক্লগা কৈথেলদা ফৌবদু মুমিৎ তানগা হনখিবদা চেং চাবা-শেন্দাং ৱানখিদবা যাদে। মপুবোইবনা নাবা ফবগদি অন্নাবা কোক্লগনি হায়বগী আশাদা মৈ-নশিং খঙদবমথৈ নোমজবনি কবোকলৈ। চেং ঙাক্তা চাবস্থু যাবা নান্ত্র মহুগী মথক্তা মাইবনা লাই খুকহগী লফোই লফাং চঙ-থোকপা, খযোমগী য়েরুম পুন্নমক অসি লৈনবা হোৎনবদা খুৎপায়-শেল ওইজনম্বা শেল্লেপ থন্না

অতুস্থ লোইশিনখ্রে। মরক মরক্তা মখায় অমতং পৈশা ২০ দং হেক হেক লৌশিল্লুগা তম্পাক ক্কায়োনবীগী শেনকম অতুস্থ লুপা তরা গু:র হায়তুনা থৌজিল্লক্লে। কবোকলৈ তৌফম খঙখিদে।

কবোক ঃ—ইচে তম্পাক, ঐখোয়গী নুপাস্থ নাবা খর খর করক্লে মানা থবক-ইনখাং নোম্বা ঙম্নগদি করিস্থ রাক্সরোইদবনি। অতুনা ইচেগী শেলতু তোনবগী তোনবা শেন্দোই পুজরগে লুপা যাখ্রে ফানবা পীবিরো, ইচেনা খঙলিবতুনি ঐগী খুংপায়-শেলস্থ ননাউ নুপাগী লায়েংবদা লোয়শিনখ্রে। হৌজিকপু ঐনা কৈথেল শেল্লবদি চরা হেন্দুনা শিবা তাখ্রে। ইচেগী লমন পুন্সি চুপ্পা কাউগদবা লৈতে। ইচেনা লুপা নিফুদং হাপচিনবীতুনা য়াখ্রে কাহনবীরো, লৌ হেক লোকপগা শিংজগে মথোইতু ফৌ ওইনা তম্মু হাযরবস্থ তমজগে।

তম্পাক —কদাযদগীনোনে নংনা হায়রিবসিবো! পৈশাতুবু লৈজরবদি ঐদি কৈদৌবগী নুংশা মরক্তা ফৌতুনা উফুল চাতুনা পুন্সি লেজ্জকগদগে ?

কবোক ঃ—অতু-আদা খঙদে—ইচে তম্পাক নংনা পৈশা পীত্রবদি ঐখোইগী ইমুং লোইনা শিবগী পাপ নং পুক্তগনি।

তম্পাক —করি রানোনহৈ তৌঙম্বী নংনা ঐঙোন্দা তৌশিনবীরক্লি-বসিবো ?

কবোক ঃ—নংনা ফনা চৈজহুনস্থ ঐনা তাবিগদবা লৈতে, নংনা পৈশা পীযূ য়াদ্রগা ঐস্থ নংগী কা যোনবসি হেক্তা য়াওন্দৌনি।

তম্পাক —চথোকখোদা য়েংনিংদেদা মীগী পৈশা শিংডো হায়রগা থোইনতুম মতা অমনিনে সিংদে, করি মায়নে হাযগে সিদে?

কবোক ঃ- ইচে নংনা খঙদ্রবননি, ঐ ঙরাংদগী চবা হেন্নক্লবনি, লৈকায অহুদা চেং খুধা অমা পৌনক্ষম লৈবপোৎ নত্তে, হেক পোকমিন্নবা মচিন-মনাও ফাওবা হন্না য়েংনবা ঙম্‌দ্রে। ঐখোইগী ইবেম্বোক অতুদংদি ইতৈখোইদা কৌশিন্দুনা চাখ্রে। মখোইদি তল চাবনি অবোক অতুগী দি তল চাবা হৈতে হায়তুনা চেং খজিক্কং ওৎলগা অঙাং মযাম অতুগা চরা রানবদৌনা মবুক থল্লিদ্রা থল্লি-বোইদ্রা খঙদে। ঐখোইগী ইমাদো শিজখিবা কৈ নত্রবদি চেং তাংবসিদা ... ... (কবোকলৈ মপি তৈথোবই) ইচে ঐদি লাযরি ননাও নুপাদো নাকবা হৌগৎলকপগী চানিং-থক্লিংবনা খ্রো-খ্রো খোৎলবা মতাং অসিদা ঙবাংদগী তল মচেৎ অমনা ... ... ...

কবোকলৈ মমায থুমজিল্লগা কপ্পি। কৈথেলদা কুইনা তারক্লবী তম্পাক্কী মক্ষমদা কবোকলৈগী অরাবগা রারী অনৌবা নত্তে। তম্পাক্কী থম্মোয় পেথরকপগী মহুত্তা হেন্নতুম কন-শিল্লকপা উই।

চম্পাক —ইবেম্মা কপ্পগবু পুক থন্নরবদি নম্বুল তুরেল অসি কুম কাংলোই ইচেমগী পিতনা ঈমায় পান্নমগনি। নংননে পৈশা পুগে হায়বগী ওইরবদি লম্বী লৈ ইচে উপাই তৌবীগে নংগী খুৎপায়-শেল ন্নাৎলোই। হৌজিক লুপা অনি অসি পুখো, মুংথিল ভন্না হাইগংলকউ, নশম-ননা নফি-নরোল তনাল-তনাল, খঙঙেদনা। নংনা শেল ফংলগা ঐগী শিংদোকপদি কাউগনু।

কবোক্‌ঃ—ইচে ইবেম্মা, নং নত্ত্রবদি ঐ কদায়দগী হিংগনি। ইচেবু পুন্সিসিমগী কাউরোই। পোকমিন্নবা ইচেমক্নসু ইচে তম্পাক্নম তৌবিগদবা লৈতে। লুপা অনি অসিনা ঐ চাক চথোম অমমমতং থোংতুনা ননাও মুপাগা চামিন্নকথিগে। তনচেল চেনখৎলক্কে। মুংঙাইরেদা ইচে।

কবোকলৈ খোঙলৈ য়াঙনা চৎখি। তম্পাক কায়োনবীনা [illegible]র শাংনা হোন্দাক্লগা কবোকলৈবু মুন্না য়েংহুনা লৈহৌই।

হায়রিবা নুমিৎ অসিদনি তম্পাক কায়োনবীগী কুপানা [illegible]বোকলৈ মাগী পুন্সিদা ইহান হানবা ওইনা অতোপ্পা মুপাগা [illegible]সিনেমা য়েংমিন্নখিবা।

—অতুবু হৌজিকপু মাবু কদায়দা লৈরিবগে, মাগী হান্নগী মুপা অতু খাইনপ্রবরা হায়মী ?

মগী ঈশৈ

—কনানা খণ্ডজবনোদা আ—ইরোইশেম্বদা লৈ হায়ব্রা,
রাহেং লৈকাইদা লৈ হায়ব্রা, কবোকলৈগী ঠিকানা
খণ্ডলগা নং কৈদৌনগে হায়বগে ?

অচুম্বনি কবোকলৈ ঠিকানা দরকার ওইবা মীশক্তি হৌজিক অখন্নরবনি।

---

—রান্নী লীরিবসি বোন্ধুনি অহুগা অমুক ঐঙোন্দা হংগৎলক্লিসিবু নত্তে বোন্ধুগী স্নেহপ্রভাসিবু ঐখোইগী মৈস্নামগী – –

—ইহে, মীনা রান্নী লোইশিল্লুরা হায়রবস্থ য়ুম্নাক অমুক থীগৎলকএ, নত্তা অহুম থিহোরো হায়রম্মগা হৌগৎতুনা চৎখ্রে।

———————— —

# নিশা বন্দ মরূপ

ঙরাংগী লেমহৌবা লীক্লী মনীং অহু অয়ুকী য়ুহন্দা লোইশিল্লগা মাঙ্গোলদা খোঙগ্রাই চন্দুনা ফম্মী মোধু, খোংক্রুম অখাবী মাল্লবা মবুক অহু পম্নহুনা রাখল তৌরি—

"হোরেল লৈকাই মিটিং তৌনি হায়লিবসি মীথীৎ ফনা য়াল্লবা য়াই, মসিদা শেনফম অমা কান্নহৌদবা য়াদে। অহুদা হান্নগী হিসাব অহু শেংদোকত্রবদি পোৎ খরা হেন্না লৌখিগে হায়বা য়াবোইসে।"

"ঙসিদিনে নিশা-বন্দগী লৈকাই তিন্ননি হায়রিবসে ভাব তাজৌ ঐ চোপ্পা য়াওবা ঙমজরোই হায়জহৌরিবসিনি। অঙাং অসিসু ঙরাংদগী মশা মৈ-মুক শারবনি ঐঙোন্দা ইম্থোকপিনু ইতোম-তগী ইচা নত্তে মপা শাবগীসু নচানি, রা খর খর খঙনসি ফার্মা-সিদরা মাইবদরা ঙল্লিঙৈদা চৎপিহৌ, নত্রবদি নাম্ম হায়রিঙৈদা য়াত্রগা পোৎম লোল্লি হায়বদো থোকচনি।"

শোর হোন্দবা মথে চাউবীনা পুখ্রী মপান্দগী কোল ফেংনা ফেংনা লাউবোই, চৈবোই শোল্লি, মপুরোইবা তানবা।

"হৈ তারিত্রা নংগীদু প্রপ্-প্রপ্ লৌশিল্লকউ রা অরুবা অমা লৈরে।"

অমুক্তসু মরা লৌবিত্রবা চাউবীদ্ ওসিদি মপুরোইবনা রা তানসি হায়বিরকপা অসিদা ওকপোই হরাওবোই প্রপ্-প্রপ্ কাখৎ-লকই পুথ্রীদগী। তৌবমক্তি চাউবীসে রাহৈ-খোন্দা, মেংগু লমচৎ ব্যবহার ফজৈ লাই-গুরূ মশক খওনা চৎলি হায়না শীংথানরম্মিবনি লৈকায় অসিদা।

"ওসিদি নং কৈথেল থোকউরনু।"

হেক হায়রকপদা মথরাই খজিক হরাউজৈ চাউবীদো, মপুরোই-বনা মাগী অরাবা উবিরবোই নীংজদুনা। অদুবু মচীন্দদি—

"কৈদৌ! হায়বগে ওাইহাক থোকউরগা য়েনসাং চরা অমত্তা ওইববসু পুশিল্লকইবশি কান্নদ্রা?" অতাংসু চাননা নাবা নত্রি মচেনা অদুম লৌজহৌনি।"

"নংগী অদুদগী হেন্না চাউবা শেনমী অমা উরে, অদুনা লুপা খরদং পুথোরকউ।"

"কদায়দগী কোৎলুগদৌরিবনো এনা কৈথেল থোক্লিবসিসু ইনে রাশিগী মনাক্তা পোৎ খাইদুনা য়োনবীবগী শেন্দোং খর খর খাইবিরকপা অদুনি। শেল্লেপ য়াওদুনা পোৎকম নাইবসু নত্তনা। ইশাগী লীক-কোল খর য়াওজরকপা অদুসু শিং নাপ্লে। ইওক্তা, ইনাদা মচেং অমা পকত্রে। চথোক খোত্তোকপদা

অরাপ্পা য়ান্নুনা চৎলিবসি মপাম্ থরা ইকায়বিকম থোকপনি।
ঐবু অসুম তৌরম্বরো ইমান্নবীগী মমাওদা য়াম্না ইকায়-ইকায়না
থোকইবনি কৈথেলসে।"

হায়দুনা চাউবীনা তাঙ্গা ফংলিঙৈদা হায়হৌদবা য়াদে মতাগুম শনাবুনদগী ঈশিং হৈথরকপত্নুঙায় বুক্রুং বুক্রুং মোধুগী মকোক্তা হৈথৈ।

চাউবীনা হৈথরিবা মায়মন্থু মোধু নাচুংদে থৌরা ইশা শাদনা হায়রকই—নংগী লৈত্রগদি কৈশামপাৎতা চৎপা তারেদনা।

কৈশামপাৎতা মোধুনা লৌবোই কাঁয়বোই তৌবা জিরিগী মৌ নহা অমা লৈবসি চাউবীগী থরায শোকপীনি। লৈতবগী অরা অনা পূম্নমক মরা মনিল নাইদনা খাওবা ওম্মী, মপুরোইবনা মনাদগী সনা পুথ্রগা জ্বারদা থাদোকখিবা ঙাইহাক শাউজিন্নরগা কাউবা ওম্মী, কৈথেলদা নুংশা ফোবমখৈ ফৌরুরগা অহাওবা অমত্তং লোক-পদা মচা পীজদ্রিঙৈদা মপুরোইবা য়ু-ঙাওবা অতুগী শরুক হান্না তম্মীবনি চাউবীনা। অসিগুম্বা লৈপাক লৈগুম খাওবা কল্লবী চাউবীসে কৈশামপাৎ হেক পল্লকপদা খাওবা ওমদে মশা থক্ থক্ নিকই। শাউখিবনা লূভোন শাৎখি। অচোপ অরেম অক-ফৎত রাখল মাংখি, অয়ুক অতুদা কি শেৎতবগী রা ঙাক্তা মচিন পেম্না চৈ মোধুদা চৈবা মখৈ চৈরগা মখোঙ শিং তিংথোক্লুনা কপ্পী মাঙ্গোল ময়ায়দা।

চাউবীগী মতৌসি য়ুমলোম্নবনা রেডীও লীলা তাবগুম থোইনা থৌশানরুদে কৈদৌনরে হায়বা ফাওবা হংবীদ্রে। মচাশিংত্থনা কেরুপ্ কেরুপ্ য়েংভি, খর চাউরবী মচামুপীত্থনা চংলক্ত্রনা

"ইমা করি থোংগদৌরিনো" হায়ত্থনা হংলুই

"নপা অশিবা থোংনা ইবেম্মা" হায়রগা চাউবী হৌগৎখ্রে মাগী পৈশা হাপ্পা খাউ মচাত্থ লৌথোক্লবগা মপুক পমত্থনা কমলিবা মোধুদা লংশিল্লী।

× × × × × × ×

মুংথিল অত্থ নিশা বন্দগী মুপী মখাম্না শিন্দুনা মোধুথোইগী লৈকায়দা চাউরবা মিটিং অমা পাংথোকলি। হাউবমগী ওজা সমরেন্দ্রনা কোথ কোথ ভাষন্ শাংনা পীরি। সমরেন্দ্রগী মপানা মপী ওরো ওবে। শিক্ষবমখৈ তারি মচানা পীরিবা ভাষনত্থ। নহান মখৈ মচাবু য়ুম্ভাওবা য়ুম্ভাওবা হানবত্থ ওসিদগীদি হায়ররোই অসিনি মানা মপি তাবমখৈ পেঞ্জরীবা। মনাক্তা কম্লিবা য়াম্হেংবম তোমাল না ওক্লত্থনা হংভি সমবেন্দ্র মপাদা—

—তাদনা প্রেম পোকপীরিবসিবু করি মতাংদা ওইরবনো ?

—তাওনে তোমাল নচানা হায়ারবসে য়ু থক্লগা মশা মাংজবতা নৎতনা সমাজদা অমাওবা কয়া থোকহল্লিবা মীওইবগী লমচৎতা অকায়বা, মাগী মাগী ইম্মুংদা থকসি খাসি নাইনরক্লিবা। ঐদি মাবু মী ওইনা থাকত্রবনি এম্ এ ফাওবা তমহল্লুবা,

তম্বা লোইরগস্থু অমুক লুপা লিশিং তরানিদো মাগী কোলেজগী ওজা অসি ওইনবা হোৎনবদা তিংখ্রিবা, পুন্নমক অসি অরেম্বদা মাঙলবনি হায়দুনা লৈরুরবনি ইয়াম্বদি, অতুদা ওসি মানা গ্যান তারক্কুনা য়ু থকপা কত্তে হায়বা খঙলকলিবসে মসিদনি ইয়াম্বনা পেল্লিবা।

—তাদনদি পেনবিরি অতুদা খঙদবনা তৌবদি খঙননবা তাক-পিরগা কৈদো অতুগা খঙনা খঙনা তৌবসিনি লুরিবা হায়বদি তুমদবা হোদোকপা লুই হায়নবদো

—হেরা তোপাল এম, এ, পাশ তৌদুনা কোলেজগী ওজা ওইরিবা ইচাবু অতুক ভাওগে হায়দুনা ভাওশিন্নজবনি মরাইনা হন্ন-রক্কনি ওসি মানা ভাংলিবসে অমুক্তা অসুম্না ভাংদবনি নংসু হায় তাবরদো।

—হোয হোয় নুংতিগী লৈরক মচিন্দগী লাউ খোংদুনা হল্লকপনি মুমিৎ হেক তাখিবদা, ওসিদি য়েংবা হায়বদুনি।

মচিন্দদি যেংশি যেংশি হায় মপূক্লিংদদি করম থোকঅগবা হায়দুনা নুংশা থী সমরেন্দ্রগী মপাদু।

মথং মথং কৌশিন্ কৌশিন্ য়ু থকপা থিংবগী কান্নবা মরম কয়া অদু ভাবন পীনবা লোইরদুনা ব্রারেপ অদুম অমা লৌরে।

—লৈকায়গী ইস্মুং খুদিংগী নুমিদাং পবাউ চৎনবা মুপী অমমম থোরকপা। করিগুম্বা থোরক্কবা থোক্লবদি ইস্মুংদুগী থবক থোকপদা

ময়াম চংদবা করিগুম্বা চংবা তাম্বগনা পরাউ চৎপা থোরক্তবা মুম্নিং মশিং অতুগী শেন কোংবা করিগুম্বা শেন্ পীরক্তবা থোক্লবদি চংঙ্রিবা মেম্বরশিংতু ফাইন তৌবা। ফাইন অতু পীবা ওমদবা থোক্লবদি মহাকপু নিশাবন্দ মরুপতগী মমিং ককপা।

—মরুপকী ফন্দগীদমক লৈরক্তা য় ঙাউবা থেংনবা ফারগা ফাইন তৌবা। ফাইনদি লুপা ৫ দগী ৫০ ফাওবা মীওই মীওই অতুগী মতুং ইন্না ১দি য়ান্না ঙাউবা খিৎতা ঙাউবা থাক অতু য়েংঙগা লৌবা।

—নোংম নোংমগী ফংলকপা ফাইন অতুগী শরুক মবি থোকপগী অমদি পরাউ চৎপদা চা থক্লবা কাইথোকপা। করিগুম্বা শেনফম অতুনা য়ামদ্রবদি চা থকপা ওক্লবা খাইদোক্লগা লেমহৌবা শরুক অতু ফন্দা কাবা করিগুম্বা মতুনসু কোন্নদ্রবদি মরূপকী ফন্দগী মেনখৎপা। অসুন্না নিশাবন্দ মরূপকী মরুওইবা রাল্লেপ অহুম অসি ময়ান্না অমত্তা ওইনা য়ানতুনা লৌরবা মতুংদা মিটিং লোই-শিনখ্রে। মরূপকী মুপী ময়াম অতু হুরাউরে মাগী মাগী ইমুংদা খোংগুল ত'না ইংনা মুংঙাইনা পানবা ওমলগনি মচানা মরানা য় ঙাউতুনা ইম্মুংদ, ওৎপা তৌররোই হায়তুনা রা রা নোক্তুনা চবুল চবুল হুন্নখরে। লৈকায়গী অহল খর অতুসু ঙসিদগী লৈরক্তা য় ঙাউবা থেংনবরোই লৈকায়দা অহোংবা অমা লাক্লগনি হায়বগী রাখন্দা ঙাইহাক ঙাইহাক লম্বীদা লেপতুনা রারী শানরম্লগা ফাযনখরে।

নিশাবন্দ মরূপকী মিটিংদা ভাষন্ পীরুবগী চোকথরবা নহারোলশিং অদুসু ওজা সমরেন্দ্রনা লুচিংলদুনা। মোধুগী খোক্রম অখাবী মাল্লবা মবুক অদুগী অকোয়বদা ফমদুনা খোঁরাংবা কোক্লূনবা মরি মরি হাইজিনখ্রে।

---

# য়াওশঙগী মৈশা

য়াওশঙদি অস্থুম অস্থুম নকশিল্লকই ইবোহল মুংশা অস্থুম অস্থুম থিজিল্লকই।

লমতাগী পানখৎলকপা থাজনা অস্থুম অস্থুম লংবা হেনগৎ-লকলি অত্থুগা থম্বালগী মাযথোংদি অস্থুম অস্থুম মকশিল্লকই। হাকুম য়াওশঙদা লৌশিল্লবা শেনফম মথোইনা শেল্লেপ হেনগ্রবনি, অস্থুম অস্থুম ফুগৎপদি লায়রহ্নুনা অস্থুম অস্থুম পুৎথরকই। ইবোহল অহিং নোংশোইবা তৈয়ার শেৎলি মুংথিল মুমিৎ চুপ্পা ফেনাৎ শাই। থম্বালস্থু পোথাবা লৈতে মচা ময়াম অত্থুগী চাক্রনা ভূল তারবা মশা অত্থুদা তৈয়ার মথিনা অমূকস্থু মচু শঙলবা মমায় অত্থু ফাওবা, তৈথোকপা শংদবা মখৈ ফেনাৎ মবি থাই। মতৈ মনাও অনিনা য়াওশঙনা নকশিল্লকপা অসিবু, লাই থেংনগদবগুম্ ্করি। কুম অমগী খ্বাইদগী মুংঙাইরবা কুম্মৈ, নহা অহল খাক্তনা খোরাংনা ঙাইনরিবা য়াওশঙ্ ইবোহল, থম্বাল অনিগী মকমদদি চাউরবা তমথিরবা শাহিং চাবা শা মখল অমনা ময়া লাওনা কাখৎতুনা অস্থুম অস্থুম চংশিল্লকপগুম্ উরি।

অয়ুক ওস্তানা হৌগৎতুনা ইবোহল কেনাৎ শাবা হৌখ্রে। তৈয়ার মৈ থাদুনা লোল্লুরিবা চাঙাং অদু এলুমিনিয়মগী গিলাস অদুদা ফদিনা য়োমদুনা পুথোকচরকই থম্বালনা।

"গিলাস অদু খর নান্থোকপা য়াদবরা ?

থক্কদবা হেক হঙোইবা মখৈ মোৎশিল্লগা তৌরকইদুবো"

থম্বাল :— য়াম্না তক্কুনা ফেংদোকচরক্রবনি, তৈয়ার মথী অসিনা কোল-লিক পূম্নমক মচু মাঙঙে।

ইবোহল — হো দা হোয়দা মংগী নচুদুবু মাঙব্রবদি—

থম্বাল — রাচোইদু লায়রি ঙরাং তোল্লম্মু লাক্লমবদুবু করি হায়নখ্রবগে ?

ইবোহল — করিদ্ হায়নরুনি নংনা খঙডিবদুনি হাকুমগী শেনফম অদু কুমসি শেন্দোই মখৈ শিংগৎলগে শেল্লেপ্তী খর ঙাইখো হায়খ্রেদনা।

থম্বাল— মখোই শেল নৈবগীদি শেন্দোইবু পিন্নিমখৈদি লৌ হায়বসিঙাই। অতুদা ঐখোইবু ঙমগদৌরিবরা হায়বা। য়াঙশঙদি হপ্তা ফাদ্রে পোৎশৎতি অস্থম অস্থম হন্থরক্লে। মখোইগী হরা শেন্দা হায়বা অসি লাকঙৈদগী ঐখোইগী কেনাৎসি কনাস্থ পাম্বীদ্রে আ গৌরাই থৌরাইদা খর খর তোংবীবা অদুক মঙায়রে।

মহুস্থ য়াওশঙদদি কনান তৈয়ারবগী কেনাৎ তোংহুনা থাবল চোংলুগদগেদো। তাঙ্গা অসিদা মচা ময়াম ইস্মুংদগী চেস্থোরকই ইমা ইমা ঐগী য়াওশঙগী ফি খোঙ্‌প্‌ ঐগীস্থ ঐগীস্থ, ঐগীস্থ ইমা ঐগীদি জোইপুরা, ইমা ইমা ইমা ঐগী মোজা ফুরিৎ ঐগী মোজা ফুরিৎ ঙকশম্‌ পানবা, ইমা ঐগী কো ইমা কো ইমা ··· ··· কো কো ইমা ··· ···

"নপাদা হায়য়ু" হায়রম্লগা থম্বাল হৌগৎতুনা ইস্মুং চংখ্রে। মচা ময়াম অহুনা "বাবা কো-কো" হায়হুনা মপারোমদা অমুক ওনশিল্পী ইবোহলনা হোয়দা হোয়দা চৎলো চৎলো চা থরুগা লাইরিক ঔরাইরুরো হায়হুনা মচা ময়ামহু তাস্থোকখ্রে। মচা অহন্‌ অহুনা ইস্মুংদগী লাউরকই বা বা ঙরাং ঐনা হায়বদো ঐগী মিং চনবগা লাইরিক লৈবগা পৈশাদো, য়াওশঙ লোইরগা ঐখোই ক্লাস হৌরনি।

ইবোহল চহিদি নিফু শুদ্রি মচাদি তরেৎ শুজিনখিবা খঙহোদে মমা মপানা মতোমতা পোকপনি মপা নৌনা কায়নখিবনা মমা লুপ্রাবীনা কেথোক্লা য়োকচরকপদগী মহৈদি হৈহাদ্রে উপায় লৈত্রহুনা তৈয়ার শেৎ খুকুম শা তৌহুনা চরা হেন্দনবা কন্না নোমজবনি। অহুবু য়াওশঙ খুদিংনা চহি খুদিংগী কোকথোং খঙহাপ খঙহাপ হাপচিল্লকখি। চা থরুা থরুা ইবোহল রাখল তৌই। মচা ময়ামগী য়াওশঙগী মথক্তা মচা পরিক্ষা ঙম্নকপগী মীংচল শেল। মশানা

লাইরিক হৈহৌদবদগী মমান্নবগা মীমান্নদবা খল্লুবদা মচাবুদি ওমলিবা-মখৈ লাইরিক তমহনগে থঞ্জবনি খনবা মখৈ খল্লুরগা ইবোহল শেল পুবা তারে। অত্থুদি কনাদগী পুনি। ইবোহল চা য়াওদ্রবা গ্লাসত্থু মখুৎ অনিনা কল্লা চপশিল্লুরমাল্লে পেৎ লাউনা চেপথোকখ্রে ইসে হায়দুনা হাংমৈখুদোং মনিং অত্থুনা তক তক গুদুনা এলুমিনিয়মগী গ্লাস অত্থু মওং তানবা শেমদোকই।

য়াওশঙ হয়েংনি হায়বা মুমিৎ অসিদা ইবোহন থম্বালগা চেৎনা ল্লা তান্নৈ। মতৈ মনাও তান্ন তান্নরগা হেন্না হেন্না লুশিল্লকই মখোইগী রাকম। চেস্থোকপা য়াদ্রবা কা অমগী মমুংদা ফল্লাং মরিনা অসুম অসুম চপশিল্লকপগুম ইবোহল ১দি থম্বাল অসুম অসুম মিপাইরকই শ্বোর ফুনজিল্লকই। মমৈথংদা লুপা অমা ওইবগী তুংশিন্দুনা লৈবা শক্তি অত্থুদা চপখাইকররমাল্লে ফল্লাং মরি অত্থুনা ফুক হৌগৎলকখি ইবোহল থম্বালবু কম্থোকলম্নগা। কুম চুপ্পা পোথাদনা নোমত্থুনা, মীগী শেন্দোল শিংদোকে তুংশিঞ্জরকপা শেনফম অত্থু পুল্লপ পায়দুনা থোকখ্রে থোংগাললোমদা। কোম্থোং কাম্থোক্লগা হন্না য়েংলম্মী থম্বালদা। থম্বাল মচুবা মেৎতুনা লৈহৌই। মচা মথান্না বাবা ঐগীদো, বাবা ঐগী ঐগা ঐগী ঐগা লৈরক্কদবা হরাউনা লাউত্থুনা লৈহৌই। লুপা ৫০০ অত্থু ফুরিংখাউদা হাপ্লগা থোরকপদা ইবোহল লৈকায়গী তলব চাবা বাবুশিংবু তুমিংকুম উরকই; খল্লি ঐসু মীনি মখোইনা হেন্না নোমত্রা ? মখোইনা মখোইগী তলবকী মথক্তা শেন চাত্রবদি

মফি ক্ষাওবা শেৎপা ঙম্লোই ঐ খঙই। মখোইদি হুরান্দুনা হিংবনি ঐদি খুৎনা নোমহুনা হিংবনি। ইবোহল অস্থম অস্থম রাংখৎলকই খোংকাপ লাউনা লাউনা থাংজি থুনা খাইরম্বন্দ কৈথেল য়ৌশিল্লকই। খাইরম্বন্দ কৈথেল ঙসিদি মীগী মীমক্তা ঙাইগ্রে, চিৎনা রাইনা চনখিগ্রে, কোক্কা কোক্কা লেংজুমগা লেংজুমগা মীগী ঈপাক্তু ঙাইগ্রে ঈপাক অসিদা ইবোহলস্থ তিনখ্রে।

মোজা ফুরিৎ য়োনবা হুকান্দুদা ইবোহল কুইনা লেপ্তুনা ইন্নরবা তুংদা মচা মযামগী নাপ লৌথোক্তুনা ওল্ল ওল্লহুনা মচু মখল মখলগী মোজা ফুরিৎ ৫ খল্লে। মচা অহন অহুগীদি মমল খর য়াম্বা চখোকপদস্থ লিৎপা য়াগদবা অমা লোরে। মমল অহু পুন্না লুপা ১০০ দগী ৫ তাবদা য়ানরে। মপুক্লিংদা খল্লী

'তস লুপা চামগী মোজা ফুরিৎ
লৈথোকপা ঙমলেদনা ঐস্থ
মীদনা মীরা ঐদি মী •ত্রা
মীগী মচাদনা মচাবা
ঐগী ইচাদি ইচা নৎতরা
খোঙগ্গপস্থ লৈকনি
মীগী শেন্দোল—
ঙমত্রগা ইংখোল যোন্দুনা শিংদোক্কনি
মীবু অস্থপ তোন্না হিংগত্রা?'

মোমোন তৌজৈ মপূক্লিং মকা লামজৈ ইবোহল মোজা-ফুরিৎশিং অহু পূন্না য়োমশিল্লে।

—"পৈশাসি মপূমনি সঙাদং হুন্দোকপিরকউ" হায়রহুনা ইবোহল ফুরিৎখাউদা হুমজিল্লী। ওইরোমদা অমুক হুম্মী য়েৎলোমদা অমুক হুম্মী হন্না হন্না হুম্মী। মথবাক্নী ফুরিখাউদা অমুক ক্ষাকই মুকুম মুকুম শোল্লী। পৈশাদি পুথোরকপা ওমদ্রে।

কোযেং কোযেং যেংলম্মী অকোয়বদা
"পৈশা ফুরিৎখাউ"
হাযবহু তংখাযদা খোম্ন ফুনখি
ইবোহল লেকথখবে।

অকোয়বদা লৈরীবা মীয়ামহুনা ফুরিৎখাউ চপ্পীখ্রে হায়হুনা ওমশিল্লকই। অমনা চোংশিন্দুনা
"ঈশিং ঈশিং মকোক্তা মকোক্তা"
মীনা পূমকোয় কোয়শিনখ্রে।
য়াওশঙ কৈথেলগী মৈশাদা
য়াতারি ইবোহল নিংঙাইবা লৈতনা
থম্বাল অমদি মচাশিংনা
ঙাইহৌরিব্র ময়ুমদা য়াওশংগী ফিরোল।

---

# কন্নাগী মন্ত্রী

ঐবু হৌজিক কান্নি তৌ হায়রিবনো ইপাসু খুরুম শান্নম্মী ইপাবু পোকপা ইপুসু খুরুম শান্নম্মী হায়। ইপুত্তুগী মপা ইপুধৌ পুরেন্দু খুরুম শাবদা ফাওরম্মী নানা শাবা খুরুম বরুর হায়রিবা মরি পান্দবী মতোক্ পানবী আসিদি মণিপুরদী লায়রবুনা আ মম্নাং লৈবাক্তগী ফাওবা নৈবা লাকই হায়দুনা হবেমপোক্লা রারী লীন্নম্মী-বনি ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা। ইপা ইপু হাক্তক্তগী চৎথরকইবা ইশিল আসবু ঐনা থৌওইদবা য়াত্রাও ঐসু শারি। নোংমদা খুরুম মপু ৫০ ফাওবদি শারম্মীবনি ঐসু হৌজকবু খোক্ উ লৈরক্তবদগী মিলগী উতেক বাগান থিরগা শুবদগী হন্থিবা নত্রো। মমাংঙৈদদি ঐখোই মুপা আননা খুৎ শন্নরগা কোনবা থুংফাত্তবা "খোক" অদু লমজাওতোংবদা হৈঙাংকোন্থাদা শগোনতোংবদা শল্লাম লৌন্নাইদা। থাদুনা লোইপোৎ নত্তে লৌন্নাই খুদিংদা মরাং কায়না হৌরম্মীবনি। চাকওন্ চারগা উ য়ানবা চৎপা হায়দুনা লৈকায় পাখং মচা অমা অনিগা মুংঙাইনা চৎলম্মীবনি। ঐখোহনা উ খোকচাউ অদু য়ানবগী কুম্মৈদুদি নখোইগী হৌজিকী সিনেমানাকা হেনপোৎ নত্তে খুন অদুগী

মীয়াম থোক্কুনা য়েংনরিপোংনিনে করিনো। উজাও অহুনা যণগাড়ী মপোৎ মগা তরুক থোক্লা হোল্লকলগা শাথবা খুরুমহুদি অরাবকা খণ্ডপোৎ নত্তে; লৈকায়গী মুপামচাশিং উমায় তাবা তম্নীবদা চন্দহুমা অরাংশোমদা পাকথল মচা অমা খন্দোক্লম্বহুগী মুংফমনি হৌজিক ফাওবা সৈরিবসি। খুরুম শাবকা হায়বসি থা-থারো চহি অনি অহুম উমায তাবা তম্মীবনি মহুদা শোয়হুনা খুবীদা হাংমৈ খুদোংনা য়ানশিনবগী দাগনি সে সে হৌজিক ঐগী খুবীদা মকম অনি লৈম্বিবসি। লিংথম থাদা মীনা শীঙ্‌ রানববা কান্দা ঐখোইনা হাংমৈ শীঙ্‌ যোল্লীবনি, মুংঙাইনা যোনথ্রবপোৎনি মহুসু শঙবাই শঙবাইগী বোইনা হান্না লৌশিল্লিবনি। হেরা ঐখোইসু রাংত-পাদবা হায়বদো ওইরম্মীবনিনে। হৌজিক ওইরকলিবা ফিবমসিদি মঙদফাও মঙলমদে হাযবা। করিনো করিনো উ মচা অমতং চিংমৈরোংদগী শগোলবন্দ তানা হোনবিয়ু হায়রুববু যণ গাডী মপোৎ অমদা লুপা ৫০/৬০ পীয়ু হায়নে মহুসু ঐনা চীংবীয়ু হায়বা মুমিৎতকা শংবীপোৎ নত্তে। উনা মরোল অমা কৈগলমুক্কুং চাউবা খোক্ মচা অহুদা ফৌ শঙবাই অমগা মমলদি পীরম্মু হেক্তা হায়বা।

"মীগী কর্ম্মদা হাপ্পবা পোৎতুদি হান্না লোইংথোকপিগেদি হায়দ্রহুনা থাইনা হনুমান কল্লী হায়বগী রারীদো অঙাংহুদা তৌহুনা লৈরবরাউ?" হায়হুনা পুথ্রি মপান্দা কোন ফেংলিবী ইন্দোন অমুবীনা লাউরকই।

"খুরা হয়েং অয়ুক অঙনবদা ওইনা লাকচরগে" হায়রম্লগা চৎখ্রে ইবোচৌবহ্ । ইবোচৌবনা মপাগী শ্রাদ্ধ নংনবা খুরুম বকুর অমতং শাবিয়্ হায়বা লাকপদা হৌজিক কালগী নহারোলগী হৌনবা ভাব ইতা ভাদনা তাবা শাহ্নুনা খুরা তোম্নদা হৌজিক হরাই সেন্দলনা রাই চাইরবসিদা খুকুম শাবসিবু কাম্নরিব্রা ? হায়হ্নুনা হেক হংঙুরে মহুদা খুরা তোম্নুনা লিথখ্রিবা রারীনি। ইন্দোল অমুবীনা থাম্লম-দ্রবদি ইবোচৌবহ্ পাক হৌগৎপা য়ারম্মোইদবনি। ইবোচৌবা চৎখ্রবা মতুংদা খুরা তোম্নু মখুবাক অহ্ থাঙ্গৎতুনা য়েংভি মিলদগী হেংভনা লৈরুবা চৌবোর মতেক, বাগান উপাক কল্লবা ক্রং ক্রং লাউরবা উহ্ হাংমৈ খুদোংনা তেমহ্নুনা খুকুম শাবদগী হৈজল্লবা মখুবাক্তু মখুৎ ওইনা শিৎ শিৎ নাল্লী। তাঞ্জা অসিদা পুখ্রিদগী কোল চাম্লগা কারকলিবী ইন্দোল অমুবীনা ভাংবোই লাউবোই হায়রকই "অঙাংহ্নুনা হায়রিবদো চুমদ্রো ঐনস্থ কয়ারক হাযজখ্রে। খুরু শাবসিনা মী ওইররোই মখোইগী হরা সেন্দল অসি লাকপদগী পোৎশিৎ অসে অসুম হুন্তরকপনা কৈথেল ফম্বদা হকাম চল্লে।"

"নংনা ফম্বদা হকাম চল্লবস্থ ঐনা খুৎ হৈবমখৈ শাবদি লেপ্তেদনা নোংমগী চান্নাদি শোয়দ্রদনা"

"শোয়দ্রিভৈসদা ফীবম অমা শেমহৌনবা হায়বনি হয়েং ভাসেপ চিবান্দোংগী পেম্মা নংস্থ ঐস্থ পুমসি হায়বদো তাদনবা হায়জহৌরিবা।"

"কৈদৌনা ঐদি ভাসেপ চিবান্দোং ওইগদৌরিবা ? নত্তে চহি নিফু হেন্না খুরুম শাহুনা লেল্লক্লবা ঐবু হৌজিক করি করম্বা থবক অমদা অমুক হোংগদৌরিবনো ? কান্নদে নংগী য়াথি য়ারেমছু মুমিৎ অা য়ৌথ্রে নংনা তৌদৌবা লোইশিল্লো কৈথেল চৎলো।" মচিন্দদি ইন্দোল অমুবীগী য়াহু য়াথি য়ারেমনি হায়রগা মপুক্লিংদা খুরাতোন্নু অকিবা অমা কন্না ফাওরকই, নিংশিংলকই—ইবেন থোইন্নু ; শংশও উরকই মমিৎতা ইবেন থোইন্নু তিকি যোনবী মকোক্তা থোংলিবা পাক্লবা লুকমায অছুগী মথক্তা থুমোক মরোল মরোল মখুৎ শামনা মৈনম উত্তোং অদ পাযরহুনা "হূই লোইবা নপা য়ানৈমচাশা লোয়রে তৌরিবসি মাংঙিবরা শেংঙিবরা মথোং অমত্তা খঙদ্রে অসে অচ্চা থ্যুই নেৎপু নেৎলবরা কবিনো" ইবেন থোইন্নুগী মতৌহ্নদা লংনগদবগী নৈকায় পাখং মচাশিংনা থোইন্নু কৈথেল কুম্লকপা থৌওইনা ঙাইরহুনা লংনবদো খুরা তোন্নু নিংশিংলকই "ইবেন শোমদা শোমদা নেৎলে নেৎলে"

"হা ! কদায়দনোনে" হায়রহুনা ফল হেক চোংবদা মকোক্তগী লুকমায়দু চেপতুনা থুম্মোক মরোল মরোলদু গ্রোং গ্রোং হেক ওশ্লে তিকি ময়ামদু লম্বী ময়াইদা জোরো হেক হৈদোকই। ইবেন থোইন্নু শাউবনা মৈ হৌই পাখং মচা ময়ামদু কাংহুনা হেক চেনখি।

ইবেন থোইন্নু তিকি য়োনবীগী কুম্মেসি খুরা তোন্নুদু য়েংহুনা লাকখি।

মমাংঙৈ চাকহোং ঙাহোংলিঙৈ ইবেনগী তিকিনা নোংমদা মরাং কায়না পোৎশিং ফরিঙৈ মতম অতুদাদ ইবেন্না কৈথেল কুম্নকপদা অঙাংশিংনা লংনহুনা তিকি খর হৈদোকপহুনা অরাবা করিস্থ ওই-রমদে। ইবেন্না লৈখিত্রবদা মমৌ ইনে মুখিনা তাখিবা দশাহু মথং মথং নিংশিংলকই। য়ুমথোং খুদিংদা হিদাক হান্নবস্বদগী চুকপ বেড়িনা শিনথ্রবদা তিকি পোৎশিং হস্থরকখি মমৈথংদা ইনে মুখি তিকি শাবনা ইস্মুং পুবা ওমলক্রবদা তোকপা তাখি। হৈত হৈহনা মুখি য়েনশাং য়োনফম ফমখি—অস্থুম্না তিকি পরাউ হায়না মমিং চৎলবা লৈকায়দা তিকিগী শিনফম মুৎখি খুনাতোম্ন অস্থুম মথং মথং নিংশিংলস্বদগী থঙহৌদনা মখোল থোক্না লাউরকখি "সেন্না ঐনবো" হাংমৈ খুদোং তাপ পাযথৎলি থক্ থক য়াল্লি কল্লবা উত্থদা হাংমৈ ময়া থক্ থক্ হন্দোকই মঙম শান্দে। খোক্লুম্বা অচোৎপা তাইস্নেনগুম্বা ওইববদি চোপ্ চোপ্ লাউনা অয়ান খুদিংগী মওং তাগদবনি। খুরা তোম্ন মরিল খাবা খুনানি হাংমৈ থোক থম্মী মনাক্তগী পাইজহু তাপ লৌই। খুকুম শাবদা পাইজ শিজিন্নবসিদি মচেক অত্থক খোম্বা; মবুক নান্নবা ইৎপা অসিতমক তৌনবনি অত্থবু শাউবনা হেনজিনখিহুনা খুবা খুকুম অত্থদা উপ্ন কাংথোং শূবদৌনা পাইজহুদা হাংমৈ খুদোং মনিং অহুনা মুংথং ওইহনা দক দক হেক্রো শুবে।

"আঃ চন্দোল উপু চনবা থোংবম চাউবদা চৎকেদি হায়দ্রহুনা ফুরৈন্দ্রস্থ পান্দবা ঐঙোন্দা লাকইসিবু হাংমৈ পাইজনবু বরুর মতোক

খেৎপা য়াত্রা হায়বা ওন্থোক ওন্থোকপা, ঐস্নু ফুইন্দ্রে খেৎপা হৈতবা মী নঙ্গে অহুবু চন্দোল উপু চনবা যুবী খুজাই খেৎপা অশি অনাগী লম্বোই তুবোইগী থবকসি পায়নিংদে হায়হুনা হুক তৌবনি"। খুরা খুরুম শাবহু হৌগৎখ্রে বরুর মতোক খেৎলুনবা থোংবল চাউবীগীদা চৎখ্রে।

—তোন্নু লাউ লাউ চংঙকউ ঐ কথারী খেৎপসি অমুক্তা য়াউরো লাউ, ফুইন্দ্রে চিংঙম্বা চাহু কদোমদা চেনথ্রবনো খঙহৌদ্রে, হুয়েংগীনি নংঙরোই হায়হুনা পাখৎলবনি। হায় নঙোন্দা শাবীয়ু হায়রু হায়হু। ইবোচৌবহু থাখিবনি লোইবীথ্রবরা মপাগী সোরাৎতা হাপ্পবনি হুয়েংগিনে মখোয়গী দো। হৌজিক কালগী অঙ ংশিংসে তৌদবা য়াদ্রবা পোৎ অহুদি খর মাংজোননা হায়গে হায়দবনিনেসে"।

—অঙাংস্নু অঙাংনি তাদ। হৌজিক্কী মতমগী চৎনবী অসিস্নু মথোং মরম অমত্তা খঙদ্রে ঐখোই খুৎনা শূবগা চাজবা ঐখোইদি শূভম নোমফম মেন তাশিল্লক্রে।

—হায় চৎনবী হাযবসি মথিবোং য়াওদবনিনে অতো ঐখোইগী হাক্তক অসিদা কয়া য়াম্না হেংলগেদোসে নংস্নু উন্নিহুনি ফিজেৎতগী শমকক্তগী হেন্দোন্নহুনা চাকচা য়ুথক ফাওবা মতা অমা ওইরেনে যগ অসে। মখোইনা হোংগে মখৈ হোক্সন্নু নখোই ঐখোইদা হেংদ্রেগা লোইরেদনা ইবো।

—অহুদা তাদ চানবা থক্লবা অহুনা কুম অমগী রাৎতনবা পৈশিনবা ভুম্লগদি তাদনা হাথবিবদো যাবা মতুদি নংতবনিনা নোংম-নোংমগী চাবা তানবা ঐখোইদি হৌজিক্কী ঈরাং অসিগা শম্ম-রুদ্রবদি চারা হেনবা তাদকইবা।

—হায নখোয় কনা লৈ নং খুবা ৎবইবসি বেড়ী পুথোরকউনে, তোমু নংনা হৌজিক চিল্লবা তাঙ্গা অসিদা রা লুনা লুনা ভাংঙিসিবু নত্তে নংবু বাজনিতি য়াওব্রনে।

—রাজ নিতি অত নিতি ঐ থঙদে ঐগীদি তাদ পুক নিতি নোংমগী পুক থম্নবগী নিতি অসি ভাব তাশিল্লক্তবগী রানি। হৌজিকতাদনা বেড়ী ফানবারি থায়না লান মমাংদা তাদবু বেড়ী তৌবিরমব্রো ?

—কদাযদগীনোদা মখোইগী বেডী মপুন অমা থকপনা ঐখোইগী চু হ নম্না শুবা নপ্ নপ্ লাউনা মনম নুংশিরবা হিদাক ভাস্থক অমা থকচবদো যৌবা য়াবপোৎ নৎতেদা। হৌজক অসিদা হিদাক অহাওবা কদায়দা থীকনি হিদাক য়োনফমবু লৈরিব্রনে কৈথেলদা।

—তাদনা থিবিকদ্রবননি হিদাক অশুবগী মহুৎতা বেড়ী থিবির-বনিনা মীনা লৈর্বদ্রবা হিদাকুদি কদায়দা কনানা যোল্লনি।

—হায় চুম্মীনে ইবো নংনা হায়রিবহু চুম্মীনে ঐদি থনবু থল্লুদে।

—তাদ ফুৈন্দ্রেচু ঐ চিংজরগে ঐসু বরুর জুরা অমত্তং ইবোচৌগী মপাগী সোরাৎ নংননবা খেৎচগে হায়ত্নুনা লাকচরিবনি।

—সে সে নং অচুক চিংগু কথারিসি হান্না লোইথোকখিসি নংগী-চুদি মিৎনা কুপ্পদা ওইনি।

অসুম্না খুপা তোম্নু থোংবম চাউবগী ফুৈন্দ্রেদা বরুর খেৎপা লোইরত্নুনা ময়ুমদা হল্লক্কুনা মাগী থবক শুমদা কমথবদা মণ্ডায়রি থোংগালদগী ইন্দোল অমুবীনা লাউবোই কপপোই চৈবোই তৌরত্নুনা প্রপ প্রপ চংলকই—

—ঐনা সি থোকনি হায়ত্নুনা চাম্মরক হায়দ্রো করি থোকএ হৌজিক্তি ঐখোইসু পুবরা হনবরা শেন খিৎতং পিশিলহৌসি হায়জবত্নুদি লৈতে হায়ত্নুনা শিখাও থাওবদো হৌজিক্তি ফরেদনা।

—কৈদৌরবগেনে অমুক অণ্ডাওবাদোংনা নংনা রা মেন অমত্তা তাদনা পংলাও লাউরিবত্নুবু খোইদৌনা খোইদৌ শাউগৎপনে থবক্কাসি অমত্তা শুনিংত্রেসে হাংত্নুনা খুকমত্নু গ্রোং লংথোকই।

—খুরুম য়োনকমদো তকখায়হৌরে চুকান প্লোট পিথ্রে হায়ে মন্ত্রীনা।

খুরা তোম্নু ফুক হৌগৎলি মাগী মুপীদা শংত্রিক য়েংঙি অচুগা মচিন্দা শোপ্ল "কংগী মন্ত্রী"।



## 'হাচবা''

লৈরক মচীন্দা হূই খোংবা তায়। ইবেমহল কম্নম্বদগী ফক হৌগৎলি। খুনিং কাংন কাংন চৎলগা থোঙজিংদা লেপ্পী। মনা থাংগৎতুনা থোঙদা নপশিল্লগা মপান্দা হুংশিং শিৎপা উনা লেঙবগী মখোল্ল শহুম ফাওবা নাম্থোকখিনি মতাগুম শ্বর থিংগৎতুনা তাবা লাক্লম্নি।

অরাপ্পদা হরা গাভৌ কন্না থৌবকপগী মখোল তায়। ইবেমহল মতু থ্যাউ চুংঙি মকপলাক থক থক নিকই। লেপ্পা ওমলাক্ল্রুদুনা কমথৈ, নিংগাংনা কমলগা মখুৎ অনিনা মচুবা মেৎতুনা মনা থাংগৎলি।

ঙরাং মপামদা মপা নাবা হংবা চৎলুবদা মপা পোকপা মবেলনা ঙাংবদো নিংশিংলকই "নপা য়ানৈ মচা, মপা মপুগী অহাৎ লান্দু ঙায়রেনে মখোয়না ভৌরিবা, মীবু অস্তুপ থীনা ফুবা হৌনবরো মপাগী পোৎ হুরাল্লুবস্থ নৎতনা। আ থায়না জাপান লান্দা সিঙ্কায়না পুমনোম নোম্বদো ঐখোয়দা কনা অমত্তদা ফুরদেনে।

হৌভিক্কী সিফাইসিবু করি করি দেশদগী কদায় কদায়দগী লাকপা সিফাইনোনে লানস্থু ভৌদনা মীগী য়ুমলক্তা চংলগা অস্থুপ থীনা থীনা ফুবসিবু। এখোয়না থাংনা পাংগল লৈরিবৈ মতমত্থ থোক্লবদি তেম পাযত্থনা মযাংলেন্দা শান্থগদবনি ে'ঙ্ যেংঙু নপাগী ময়াংলেন মনিংগোং উতুপ উতুপমুক চাউনা পোম্মীবদো ফম্বা য়াত্রত্থনা উপ্রাক্লা হিপ্লীবদো।"

মপানা নাহেত্থনা লৈরম্বদো ইবেমহলগী মমিৎতা শঙ শঙ উরকই, খঙহৌদনা হিক হিক কপ্পী।

ফুংগাদা মখ্বাং য়াইত্থনা অহিং নিৎশেং খ'ঙলিবা মনেম তোম্বীনা ইবেমহ ৰবু থেমজিন্দুনা হায়রকই।

"ইবেম্মা নখোল থোকত্থ, ইনেমস্থ খঙবি
খাঙবা তাবনি ইমা ইচা, কাবদি ৎৌন
কনাদা হাযকান। মপুক চাউবনি ইচাদো
চাক য়েনশাং খাকলিবদো মৈনাকাসদা
পুরকউ শাহন্দুনা থমসি। নিঙেল মথাম
মরক্তা তাঙনা য়াউই হাধত্থনা
থোই থোই থোঙ্গবনি ইনেম্মা
ইচাদো, করম্বা লাইগা থৌইনশিন্নো"

হায়রগা মপি থৈথোকই তোম্বী। মধুম পাল্ল। থেই থোইহুবু অঙাং মচাদোনা খঞ্জে মমানা। ফুগাদা ফম্না ফম্না তোম্ব নিংাশংঙ

থোই থোইনা অঙাং ওইরিঙৈ ফুংগা মনাক্তা শুক শুরু নৈদ্রুনা মুন্দ্রিবা মংগ্রা অরৌবত্রু মৈন্নুংদগী হোৎতোক্কদবগী তৌথিবা নিংঙাই। থোই থোইনা পাখঙ ফারক্তুনা অহিঙ থেংনা হল্লক্কবদা মাঙ্গোল উথোক-তেন্দা ঙাহ্রুনা অহিং মিৎশেং খাঙত্রুনা মচাবু ঙাইখিবা। নৌনা মপা কায়নখ্রবা থোই থোইবু মপা মমা পূন্না শক অহিংদা লালটেন পায়ত্রুনা থোংগাল ব্রাংম লান্না মচা কোইথি থিখিবা নিংশিংলি তোম্বী ফুংগাদা। ঙসিদি থোংগাল ব্রাংম লান্না মৈরা চংত্রুনা মচাবু থিরুবা য়াদ্রে, অথেংবা অহিংদা ইমুংদা লোন্না ফুংগাদা কমত্রুনা মিৎশেং খাঙবা নত্তনা।

লৈখিফমস্থ খঙত্রবা মপাউস্থ তাত্রবা থোই থোইত্রুবু মুমিৎ খুদিং অহিং মিৎশেং খাঙত্রুনা ঙাইরকপনি মনি মমৌনা। মচাগী মপাউ তানিংঙি হায়ত্রুনা ফোংনা কোয়হং হংলুবা যাদ্রবস্থ লোন্না লোন্না মচাগী ব্রারী শাত্রুনা ঙাইহাক ঙাইহাক্তি পোথাবা ঙম্মী মমা তোম্বীদি। নৌনা মযুম পাল্লকপা কুইদ্রিবী ইবেমহংনাদি মদোম কপচবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা অমুক লৈতে।

অস্থুন্না ইবেমহল নাশোন পিক্লা তুম্বক তাশিন্দুনা ইমুং থোংজিল মপান্দা মশাবীবু ঙাইবি। ফুংগাদা মমা তোম্বীনা মুকম মুকম শোল্লত্রুনা মচা থোই থোইবু চাক চরা অমত্তং পিজগদবগী মিৎশেং খাঙলি।

## মণিপুরী ঈশৈ

অহিংগী তাংলৌদি রায়শিল্লক্লে
লৈরক্কা চুই খোংলম্বা লেপখ্রে
সভুক্কা গাড়ী থৌবগী মখোলসু তাখিদয়ে
তোম্বীগী ফুংগাদা হৌরম্বা মৈসু মুৎখরে
থোই থোইগী চাক য়েনশাং য়াইরম্বা মৈতাল লোথখরে
ফুনাক্তা মিৎশেং খাওলম্বী তোম্বী উইথরক্লে।
মশাবী নৌনা শেংনবগী চৈথেং খাওলিবী ইবেমহলদি
অহিং ইচিক চুল্লরুগা থোইনা
ঙাইবগী থৌনা হেনগৎলক্লি।

নোংমা মপামদা লৈরিবৈ ইবেমহল রাখলদা ঊংখিছনা।খুত্তগী সনাবুল ঈশিংদা তাউখিবা, লৈপল মরুমদগী লৈতুম্না মনঙ্গলদা পানবদা খংমনখিছনা থোংগ্রাম্‌দগী ঈশিংদা চবুং লাউনা চোংথবা মবোক্না লাউছনা হোৎচিল্লকপদা থোই থোইনা মনিং তেকথোক্লুনা চেনখিবা, মবোক্তা মিনমছনা মহাক্না সনাবুল নাম্থোকখিছনা লাম্বদা ঈশিংদা তারিবনি খুমখিবা মথং মথং নিংশিংলকখি মথং মথং শনাবুল পরেং লৈশাবী পরেং পাখং মচা পরেং পরেং মমিৎতা শংশং উরকখি ঈশিং কংনদবা মতম কংলা পাৎতা ঈশিং শোকপা চৎপদা ছাত্র মচা অমনা মতোন্দা লংনরবখিবা থোই থোইনা খওহৌদনা চোংশিল্লক্লুনা ফুনখিবা লমজাও শরক ময়ায়দা মীনা পুমকোয় কোয়শিন য়েংখিবা। ইবেমহল পাখৎখিছনা মশা থক থক নিকখিবা নিংশিংলকপদ ঙসিসু

থেংলবা অহিংগী মমৈ অসিদা থোংজিল মপান্দা ইবেমহল হুমাং অনপা কাংভি মশাদা।

খঙহৌদনা তোম্বীনা খঙলাউ লাউরকখি—
"ইবেম্মা থোঙ হাংঙো ইচা লাকলে"
ইবেমহল ইওক ঙক্লা,
"ইমা ঐদি তাদ্রেনা।"
"হৌজিক্তা ইমা চাক লৈরিব্রা হায়খিবদো ইচাগী মখোলনিনে ইবেমহল" হায়রুনা ফুক হৌগৎলকই তোম্বী, অত্থগা মকোক ঙাউখিত্নুনা ফুংগাদা য়োৎশবী মথক্তা গ্রোং লাওনা তুশিনখ্রে। ইবেমহলনা হোৎচিল্লক্কুনা মনেম তোম্বী কোনখৎলি—।"
"ইমা কৈদোরে কৈদোরে" হায়রুনা নুংশা থীনা হংভি।
—"হৌজিক্কীতুবু থোই থোই নত্রনে ?"
"মা লাকপগী মখোল তাদে, ঐ ঙসাইদগী অসুম থোংদা ঙাত্নুনা কম্মীবনি ইমা, মা লাক্লবদি ঐনা শোয়দনা খঙগনি ইমানা উইরুবত্থদা তৌবা ওইব্রিনি।

তশেং তশেংনা তোম্বীনা মচা থোই থোইগী খোঞ্জেল "ইমা চাক লৈরিব্রা" হায়রকপদো তাখিবনি। মঙদরা তাইবংদরা তোম্বীনা খনবদা থোকখিদরে।

অসুম্না মনি মমৌ ঙাংনরিঙৈ অরাপ্পদা নোংমৈ কাপ্পগী দং লাউবা মখোল অমা তায়। মনি মমৌ খঙপ্রেক খঙভি চপ চপ

মন্তগী ঈশৈ

লেপ্পী শংত্রিক য়েংনৈ। ডাইহাক লৈষ্নগা নোংমৈ কাপ্পবগী পোড্রোক পোড্রোক লাউবা মখোলনা নোংচুপ মায়কৈ পুমনিল নিনগ্রে। মনি মমৌ রা মচেৎ অমত্তা ডাংনদনা শংত্রিক য়েংত্নুনা উচুক য়ুংবগুম য়ুংহুনা লৈ। নোংমৈ কাপ্পবগী মখোল অসুম অসুম লাপথোকগ্রে মরক মরক্তা তোক তোক লাউবগী মখোল তাম্না তারম্বদগী তাখিদরে, নোংমৈ মখোল লেপগ্রে। ইবেমহল অমসুং তোম্বী চংশিন্দু়। চেজেৎ কোন্নৈ ও খোংনা কপ্পী।

অহিংগী মত- লোইরক্ত্ুনা নোংপোক মায়কৈদা
অয়ুক্কী শেংলবা মঙাল ফাওরক্লে
অঙনবা উচেক্কী খোংথুম্নবা খোঞ্জেলনা
ডাইবদা চোকথরবী মনি মমৌবু শুমগ্রে।

